ক্রীটিসিজমগী কান্নবা মশক খণ্ডদবদগী পি সি - না মচা তানা ময়েক লানা, নিংথিনা তাক্লকইবা ক্রীটিসিজম অদুবু ঐনা ঐবু চৈরিবনি হায়না লৌখি - ক্রীটিসিজম নত্তে, মসিদি চার্জনি পি সি - না মণিপুরগী অবস্থা করিসু খঙবা নত্তে, ঐ হৌজিক অঙাং মচাদৌনা পি সি-দগী রাজনিতি তমদুনা লৈবা শংদ্রে অসিনচিংবা পার্টিদা হায়হৈদবা বা কয়ামুকসু হায়খি।

ঐবু লাল্লে হায়রিবা কাণ্ডবু অসি ঐগী থবক্লা ফগৎলকপা কান্দা তুমিন্না লৈজখিনি হায়না থাজরম্মী। ঐনা চৎলিবা লম্বী অসিদা ফুগৎপা য়ারোই হায়বসি ঐ জ্ঞান শুকতামক তাখিদে। ঐনা চৎলিবা লম্বী অদু লাল্লে, অমাঙবা ওইরগনি হায়না পাওতাক পীখিবা কাণ্ডবুবু ঐবু হল্লিবনি ঐবু বারকইবনি হায়না লৌখি। নীতি কায়না ডিসিপ্লিন কায়না কনষ্টিটিউসন কায়না চৎপা কাণ্ডবুবুসু লৈবাককী ফহননবা তৌবা কাণ্ডবুনি, ঐনা হায়রবদি শোয়দনা জ্ঞান তারক্কনি অমসুং পার্টিগী মনুংদা নাক তারকইবা অসিদা ঐদিময়ায়দা লৈগদবনি (নিউট্রেল) অমসুং ঐগী থবক্লা ফরকপদা শোয়দনা পুল্লগনি হায়বসি কন্না থাজরম্মী। মসিদগী থোকখিবা ঙাক্তনি। "ঐনা তৌরিবা অসিদি লম্বী য়াম্না লাল্লে, ঐ মাঙবা তারে" হায়না জ্ঞান তারকপা অসি যুগোল্লাভকী পৃথিবী ফাওরবা নেতা টীটোবু পার্টিদগী তানথোকখিবা অমসুং মদুগী ইতিহাস পারুবদগীনি। ঐনা তৌরিবসিদি চপ চাবা টীটোগী নীতি শান্নরম্লে হায়বসি হৌজিক্তা জ্ঞান তারে। হৌজিক ঐনা পার্টিদা হায়জগদবদি ঐগী ইরন্নাই করিগুম্বা মতলব অমত্তা লৈদুনা তৌরুবা নত্তে ঐনা চুম্না খঙদবদগী তৌখিবনি। ঙসিদি ক্রীটিসিজম হায়বসিনা ঐখোয়গী হি[illegible]নফম্নি হায়বসি ঐ চপ চানা থাজরে, কনাগুম্বা কমরেডশিংনা হৌজিকফাও[illegible] ঐবু চিংনবিবা লৈরম্লবদি ঐ য়াম্না অৱাবা ওইগনি। মার্কসিজম লেননিজমগী মক[illegible]রবা লম্বী অসি নত্তনা হিঙনফম লৈতে হায়বসি ঐ থৱায় শোক্লা থাজে। ডি, ও, সি, -গী অনৌবা সিদ্ধান্ত অসিনা ঐখোয়গী চাওখৎপগী অরেপ্পা লম্বীনি হায়না থাজবগা লোয়ননা সিদ্ধান্তশিং অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ঐনা ঙম্বা শক্তি শিজিন্নগনি।